শারেন কৈশোনরববু অদোম্ বাহেং খমকোইবনা য়াওরো থহুং থিংনা শারেন তেনপাল্লববু থিংলো থরোন পু শারেন শাপোৎ শেমনা মরান ওন্দেখিরবদা লংমাই ককলেনশী খমকোইবনা নোংয়ায় বাহেং খমকোইববু ৱায়রা মতেঙ্গা বাইকৌ চিনীলোঙবনা অদোন উনবী চকম থিংনা চৈপীরে। কুমাং মউনকি পায়মা উনবী খোয়থাউবীবু মালেম লৈদা তানা হুয়েন লানচেনখিরে। ময়িম শেল্লোয়না তেং-থ না লীরুং মখুৎ-শূবু মাক কৌএ। মাকপী থমোয় তিংনা ৱায়রা তেনবাইথরম্মে, অহু নোংগীবু মাকতিং-ও কৌএ। লাইরেন মৈদিংঙুদি মাকতিং ঙমলোম্না তাকনা পনমৈ শমথখিয়ে। ময়িম শেল্লোয় লং-মাইদি লিনবাই মোংবা তুম্না ইন্না রাইসা পম্দোন ঙমওম্লনা মাকতিং লমওন খোঙদা তকলৌ শিদং শোম্না হুনবাইখিরে।

লাইরেন মৈদিংঙু লোকয়ি শেল্লোয়নাই লংমাই তেংনা য়িম-কাবদি হাওরৈ থানা পাংবরম নোংয়ায় লৈকোয়পুংবু ইন্দানগে

---

হুমিংমদি—লোংমগী হুমিং অমদি। ফমহোৎথববু—চেম্বববু। শারেন কৈশোনরববু—মফৈ তারবা অমসু তুহ্‌ন্না লৈরবা শাবু। য়াওরো থহুং থিংনা—শাগী মবুক ফাওনা। শারেন তেনপাল্লববু—খুৎশূ খুৎলাইনা শোকলবা শাবু। থিংলো থরোন পূ—অফাবা শা পূহ্‌না। মরান—যুম। ওন্দেখিরবদা—হুনখিরবদা। ৱায়রা মতেঙ্গা—মাগী তেন। অদোন—থুমন। বাইকো চিনা লোঙবনা—মচীন অনী ফা বা তৌহনা। উনবী চকম থিংনা চৈপীরে—মবুক্তা লেংলে। মালেম লৈদা তানা—লৈপাক্তা তানা। মাক—লীরুং। মাকপী থমোয় তিংনা—লীরি থমোয় তিংনা। ৱায়রা তেনবাইথরম্মে—তেল কাপলম্মে। মাকতিং ঙমলোম্না—মাকতিং নাতৈনরগা। তাকনা পনমৈ শমথখিয়ে—তাকনথা পনমৈ শমহ্‌না চৎথি। ময়িম শেল্লোয় লংমাইদি—শেল্লোয় লংম হুগী মমিং অমদি। লিন বাই মোংবা তুম্না ইন্না ইরিন তুম্না তোর্বান মতুংইন্না। তকলৌশিদং শোম্না—তকশি শোম্না। হুন বাইখিয়ে

হায়না অচেন খংলৈ হৌথখিরে লমলেন মদাইমা ফুনান্ তেন্হৈবা মচীংজিনবু নাতৈননা ঙানপ চাজনরাই খাংলা য়ৌরুম লম লমলেন পোংহৈধা উরূপ লমন্নুংশিবু নাতৈননা জিনরাই ঈমৈ শমথখিয়ে। মৈদিংগু চলাম্বা লংম্নোই লমতাইবরাই লমলেন লিম্লোক্ত শাহোৌপাংপু ঙংলোন নাতৈননা নোংয়ায় লমশাং ইন্না হুয়েন লাঙেম্লকপবু নামোইগু অহোঙবী তূশাকোন ঙভোই য়োয়মোংবা তুতেংকোন লমলেন মদাইমা য়ে.ইহৈ থয়োইরোন হেমচেং চকপা ঙমবী পনম কাইখাকম, নোংয়ায় অমনশিঙক লমবু নাতৈনা যিম্‌মিঙ চামলৌ লৌঙাকপনা উরা পেংমাতুবু খো য়, লীথুবা লম, পোইরৈ মৈতৈরোন কোমস্লুচা লিনগোয়গী খুরামপারগা লোইথোমস্লুচা জিনগোয়গী পুচেং সাংবগা তনবা অনীশকনা চীং তেোই লানগা মাঙনরাই

হনথরে। হাওৈর খানা পাংবরম—মথাশংবা মায়গৈনা। নোংয়ায় লৈকোয় পুংবু ইন্দ্রানগে হায়না—খুমন লৈবাক য়েনবা চংকে হায়না। অচেন থংলৈ হৌথখিরে—কন্না চেনখিয়ে। লমলেন মদাইমা—লমদম। নাতৈননা—মপা য়োনা। ঙানপ চাজনরাই—ঙানপ ফাবা মফম। লমলেন—লমদম। শমথখিয়ে শমনা চংখিয়ে। মৈদিংগু, মৈতৈ নিংথৌ। চলাম্বা মৈতৈ নিংথৌ নিংথৌ খাম্বগী মজাইব, ছে শানোংবা লা নুমখোইনা নোংবাং [illegible] 3 চোংথৌ লোদ্‌না মৈদিংগু কাইনে চলাম্বা পোকই। মৈ[illegible] অতা [illegible] নোংগাবরবনা চলাম্বন। খৃঃ ১৩৪৫ [illegible] নিংথৌ ওংখি অ[illegible]নু চ[illegible] [illegible] পানখি। নাতৈননা ঙমলোনন। নাংয়ায় লমশাং ইনা খুনাগী লম্না মতুং ইন্না। ঙা[illegible] য়োয়মোংবা—[illegible]চৈতেতোন তাউবিংমাগী মহাবরং। লমলেন মদাইমা—লমদম। য়ে ইহৈ নিং[illegible]গী মনাউ ইবেম্মা কয়থোন কানবা। থয়োই রান—খুমন চনু। পনম কাইথাকম—অশিবা হাপ্পা ফুকফম। নো [illegible] খুমন। অমন শিঙকলম অশিবা ওকপা লম। খোইম্না লীথুবা লা[illegible]বা

মেনাং তনবা সিওইরম নোইহু মানবী সিওঈর ইববু হেন্থখিরে। লমলেন মদাইমা ঈরোং লৈবা মচৌংচৌম থোবান হুমচিন হুময়া-রোত্তবু ও ওন নাতৈনন। নোংয়ায় লমদম য়েংনা হুয়েন লাঞ্জেল্লকপবু নোংমোইহু অহোঙবী তুসাকেন ঙাঙোই য়োয়মোংবা তুতেং ঈ, তুরেন লাইজা ঈরীক লাইনা তাংজা হৈফনা লান, সিনচী কোম্না তাউ, তুরেন লাইথংফান কক্চেং তৌতোন খোম, কাওবী হুমলোইতাউনা লাইজা হুরেন পুচ্ছমলবু লাইরেন মৈদিংঙুন শাম্বা ঈরোইতম্না ইমু খোঙ্গাওনবা লাইজা ঈশম খৌরক্লবগী লৈরাই মুংবী থক্তা কাববদা লাইরেন শমদিং মনিঙথম চৈরৈ ময়িন ফি, পুম্নং মফুরিংপু তুরেন লাইজা ঈদ চোংলবগী অসাইবগী মশানৌ নোংবাল্লোন পীতঙ্ঙাবীগী শম্মু মেল্লোং মথুংথোন শঙদিং কিশি কিরকপবু চৈরৈ

---

ফাবা। পোইরে—মৈতৈ। লিনগোয়গী—গভদগী। তনবা অনীমকনা—নিপা অনীমকনা। মাঙন ইই—মাঙবা মফম। মেনাং তনবা—হামেং লাবা। নোইহু—থুম। লমলেন—লমদম। মদাইমা—লমদম, মফম। নোংয়ায় লমদম য়েংনা—খুমন মায়গৈরোমদা য়েংনা। হুয়েন লাঞ্জেল্লকপবু—লান চেল্লকপবু। ঙাঙোই য়োয়মোংবা তুতেং ঈ—মমাংঙদা য়োয়হৈতোন তাউথিংমা গা মশানৌ য়োয় মোংবগা অনীনা তুরেন ঈরম তেংথরকপদা য়োইমো বনা তুরেন ঈরম তেংথিবা ঈশি মফম (ইরন তুরেন)। তুরেন লাইজা ঈরীক লাইনা—তুরেনগী ঈশিংনা। তুরেন লাইথংফান—তেকবাদা হেংবা শীলাং। কাওবী হুমলোইতাউ—তুরেন কাওবীং তাউনা। শাম্বা ঈরোইবা। ইমু খোঙ্গাওনবা—ঈশিংদা খোঙনা কাওদনা। লাইজা ঈশম খৌরকলবগী—ঈশিং তুব না লাল্লক্লগা। লৈরাই মুংবা থক্তা তুরেন লৈরাই মক্তা। লাইরেন—মৈদিংঙু। শমদিং-ফি। মনিঙথম—মহাক্কা নীংথম। চৈরৈ ময়িন ফি—মহাক্কা ইন্নবা ফি। পুম্নং-ফুরিং। তুরেন লাইজা ঈদ—তুরেনগী ঈশিংদা। মশানৌ—মানী নুপী, মতু। মেল্লোং পুদোন। শঙদিং কিশি কিরকপবু—ফি কিশি কিরকপবু।

কিশিখোক পুন্নং মফুরিংপু হৈরু মতাই কাঙনা মাল্লৌ ময়িমফিবু লাইজা ফিশুন তাউনা য়োয়ময়ায় তাউদনবগী ব্রাঙ্গোন মনোংশা কোরৌ নোংশা মৈদা ফৌরম্মে। অহু নোংগীবু লাইরেন মৈদিংঙু হোঙনেময়োয় থুঙ্গাউ লোকয়ি শেল্লোয়ন ই লংমাই তেংন স্নিমকাবা শেল্লোয় নুয়িনবনা লাইরেন শাম্বা ঈরোইব্রাই তুরেন লাইজা ঈশন লন ফীফৌ লমন্নুংশি-ও তৌনা কৌএ।

লাইরেন মৈদিংঙুদি নোংয়ায় লমশাং ইন্না অদোন য়াংলৌ লমদাং শিংথখিয়ে। নোংয়ায় চাউবা পূং অদোন শাংবা য়ায় চোংমু চোং-থাবম চন্নু, খাইমু খাইথিপম চন্নু, তোঙপোন ব্রাইয়ৌ থাংবী ফুমথী নাতৈ কাঙবী; সাব্রা উথিং তানবী, লোকলৌতান লেপহৌবি না পূ খউ পুং, অদোন লেম্বা মোইন্নু চা অয়ম্বা, য়াওরৌ অচঙয়াই, মানবী শাপোময়াই অদোন থিংলৌ চাঁপাক লোমচিন য়াইবু য় ইখঙ পূং, কাঙতপাই চরাই তোঙবা অমু নোংগা পাম্বনা কোরৌ নোংদা কানা লাইজা ঈনিপুং, মরুম অরাই চৌংঙ চন্নুনা লোকলৌ পাকোন

---

হৈরু মতাই কাঙনা—কুদাম লোথোকভুনা। মাল্লৌ মশ্নিন ফিব্রু—মানা ইনবা ফি অহুু। য়োয়ময়ায় তাউদনবা—নুমিং। কোরে নো শান—নু ... অ নোংগীবু—মরম অ দগী। হো নেম য়ায় থুঙ্গাউ নাওথি থো। শেল্লোয় নুয়িনবনা—শে ল্লায় লংমাইদা য় ও ইনবনা। লাই রন তুবী। শাম্ব ... ঈ রাইবা। ঈ রাই ... ঈরো বা মফম। লাই রন মৈদিং দি—মৈদিংঙু হোঙনেম য়োয় থুঙ্গাউদি। নোংয়ায় লমশাং ইন্না—থুমনগী লম্বী মতু ইন্ন। অদোন—থুমন য়াংলৌ লমদাং শীংথখিয়ে—লমবী লংশ ইন্না চংথখিয়া। নো য়ায় থুমন। চ নিঙ্গোন। তোংপোন ইরে থাংবী থ দা তুঙ্গান থা বা পী। অদোন থুমন। য়াওরৌ শা। মানবী শ অ মাম। কো রী নো নো নো, ওতিয়া। লাইজা—ঈশিং। ঈনিপু ঈশিং নিবা মফম।

সানা ঈম্মা পুং, নোংয়ায় শোয়তিং হাথকম, অদোন শোয়পাই হারেপ পুংদা রাইথুংলুম্বে। লাইরেন মৈদিংঙু নোংয়ায় খাথাহৌ, অদোন লাইথা তিন্না লমওকঙম্মে হায়দবরা ?

নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুনশি য়ুমোইখমা পাউহংঙম্মে। লাইরেন ইনোংয়ায় লোকয়ি শেল্লোয় নাই লংমাই তেংনা য়িমকাবা মওাদ নোংয়ায় ইপুংয়ায়দা করিগী লমলামলবনো ? য়েল্লাং কলৌবা থৌচংলবনো হায়না পাউহংববু লাইরেন মৈদিংঙুনা পাউখুমললকএ। লাইরেন ননোংয়ায় ঐনা নোংয়ায় নপুংয়ায়বু ইন্দাল্লকপদি ময়িম শেল্লোয় চীংদা মুয়িনববু লোইদাম থাবু শি লাংহৈ কুম শুল্লবদা

---

ম ম—মশানৌ। চঙ—নিংখেন। হাথফম-থেবফম। রাইথুংলুরে—থুংলরে। লাইরেন—মৈদিংঙু। মৈদিংঙুবু নোংয়ায় খাথাহৌ অদোন লাইথা তিন্না—খুমন (থা অ াংদ। লৈবা) মীয়াম হৌদ্রুনা। লমওকঙম্মে—ওকলম্মে।

নোংয়ায় খুমন নিংথৌ—খুমন লৈমাবা। অদোন পুনশি য়ুমোইবা—খুমন নিংথৌ ইলাংপোক পুনশিবনা কাইরেমা পান্নদুনা পোকপনি। মহাকনা পিয়াইরেক পাংনা খুমন নিংথৌ য়ো থোংঙাই পোকখি। থায়ায়রোন ঙানু থুন্বীনা পোকপা মক্কাকনিপা শেনবা মিমাবনা খুমন নিংথৌ ওইহৌরবদা পুনসিবা য়ুমোইবনা লোইবী লৈয়ান্দা থৈদুনা লৈখি অমসুং মফম অদুদা নোংগাখি। লাইরেন—মৈদিংঙু। ইনোংয়ায়—ইশুনিপা। য়িমকাবা য়াওং ইনবা। নোংয়ায় ইপুংয়ায়দা। খুমন ঐগী ইরৈবাক্তা। য়েল্লা থৌচংপা—থবক চংপা। পাউহংববু—রাহ'ববু। ইযু—ইপু. ইবুধৌ। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ—খুমন লৈমাবা। অদোন পুনশি য়ুমোইবা-ও—খুমন লৈমাবা পুনসি য়ুমোইবা কোবা-ও। লাইরেন ননোংয়ায় ঐনা—মৈতৈ নি থৌমচা নশু ঐহাকনা। নোংয়ায় নপুংয়ায়বু—খুমন নরৈপাকপু। ইন্দাল্লকপদি—য়ৌনবা লাকপদি। ময়িম—মযুম। শেল্লোয় চীংদা—নোংমাইজিং চীংদা। নুয়িনববু

ময়িম শেল্লোয় লংমাইদি থাউভা য়ৌথ'ন থেংগে খুনয়ম ভাংচং নেৎকে হাওফপ চীংশাং য়েংগে শেল্লোয় পূমনা হুপনা লংমাই খোঙশানখিরবদা লাইরেন ইপা মৈদিংঙুনা অথাং কৌ।। ঈরোং থোংদা তাঙ্যাকুম্নলনকনভাম, লিল্লা নাথেং ঙমলয়্গী শেল্লোয় নাফানিক লংমাই শিফ। নিকনা হুয়েল লানগা মাঙলে। লাইরেন ইপা মৈদিংঙু উরা কোম্হৌবা তুবী মঙু লংগীদমকপু শেল্লোয় পূমনা হূপ লংমাই পাকনা তাইনা চী গং থে কলোয় হৌনা বাতথীরে। ইপন মৈদিংঙু তুবী মঙুলাং লাইরেন মঙাইরু দমকপু লৈকাই পুঙ্গরুক লাংবন অওম্লক চেঙবুম মনাউতেনগুম্বু লনশিংগে হায়না শেল্লোয় পূমনা হূপনা রা তাম্নবগীদমক ননোংয়ায় মোমনু তাল্লোয় ইরুম্বী নাংবাক্লোন পীতঙভা লৈ কলু লৌথিনী থুয়াম শাকনীনা লাই-রেন ইনেম মচা-ও নঙবু শেল্লোয় পনলিংখি. লংমাই পনলোংখি ও

---

—য়াওং ইনবয়ু। লোইদাম—থা। লাংহৈ - কুম, চহী। শেল্লোয় পূম্না হুপ্না - শেল্লোয় লংমাই ময়াম হোনা। থোঙশানখিরবনা যাত্রা তৌথুবদা। লাইরেন ইপা মৈদিংঙুনা—ঐগী পাবুঙ মৈতৈ নিংথৌ উরাকোম্হৌবনা। লিল্লা নাথেং ঙমলবগী—নাপী মরক্তা তুমিন্না থুপ্নুনা লৈরম্নবগী। হুয়েন লানগা মাঙলে—লান্দা মায়থীরে। মৈদিংঙু উরাকোম্হৌবা-মৈদিংঙু শমৈরা না কম্বোং নিথৌ চম্ব লাইরেমা পান্থবুনা উরাকোম্হৌবা পোক । মৈদিংঙু উরাকোম্হৌবনা খুন্দ ৩৬৮ দা মৈতৈ নিংথৌ ওইখি। তুবী মঙুংলাংগী - মৈতৈ নিংথৌ উরা কোম্হৌবগী মরমগী। চীংশাং থোকলোয় হেনা চাংশা অহুনা লৈনা না পূম্নমক হোনা। বাতাথীরে - শাউরে। ইপন - ইপা। মৈদিংঙু তুবী মঙুংলাং —মৈতৈ নিংথৌগী মরমগী। লাংবন অওম্লক—শঙবায়। চেঙবুম মনাউতোন - চেং চগেম। লনশিংগে—লমন থুমগে। ননোংয়ায় নশু। মোমনু—নুজা, নূপী। নাংবাক্লোন—অঙোম য়েক ওইবা থম্বাক্কী চঙ। লাইরেন মৈ-দিংঙু। ইনেমমচা—ইশাবি ইথংলেন, ইপুরোইবা। শেল্লোয় পনলিংখি

ইপন য়ারক ঙমদরে, ইহু থৌখাম্বসু থামঙমদরে। লইরেন ইনেন মচা নওদি পোইরৈ নপাক লমবু ইন্দানখিগনো। নমায় হাওরে খানা পাংনা নয়ু নোংয়ায় খুমন লিংখৌ অদোন পুন্সি মানিগ্রায়া রাইখুলু-ও হায়না থৌতিকখোনগী নোংয়ায় শেনবৈপাক অদোন নঙবু পাইরৈপাকনে হায়না নোংয়ায় নঙোন্দা চাকতংগে হায়বগীবু অদোন নপুংয়ায়বু ইন্দাল্লকপনে হায়না পাউখুম্লবদা নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুনশি য়ুমোইবনা তৌইগীদি লাইয়েন ইনোংয়ায় হোঙনেম য়োয়খুঙাউ লোকয়ি শেল্লোইনাই লংমাই তেংনা য়িমকাংবা ও লাইরেন নঙবু নোংয়ায় ইপুংয়াই অনিদা খুমন লইথা। মেমন্ননা লক্তোাই নোংবু শাংনা য়াংগোইমন্নরসে, তুবী নঙবু পুয়োক্কে। লাইরেন পুকনগে নোংয়ায় ইপুংয়ায়দা য়াংগোইমন্নরসে হায়না পাওমেল্লবদা

---

লংমাই পনচোংখি-ও—শেল্লোয় লংমা দ (নোংমাইজিংবগী) থায় হিংনবা চেনখ্রো। ইপন য়ারক ঙমদ্রে—ইপা ইপনময়াম অসি তেংগায় হায়না খিংবা ঙমদ্রে। ইহু থৌখাম্বসু থামঙমদরে—ইবুং ইপা ময়াম অনিবু থাম্বা ঙমদ্রে। পোইরে—মৈতৈ, য়াঙম। নপন লব,—নহাক্কী পোক্লফম লমদমবু। ইন্দানখিগনো—য়েন্ননবা চৎখিগনো। হাওরে খানা পাংনা—খা পাবা মায়োইগনা। নয়ু—নয়ুধো। মরায়ায়বা—মায়েন। থৌতিকথোনগী—হায়রকপা মরমগী। নোংয়ায় নঙোন্দা—খুমন নঙোন্দা। চাক্তাংগে হায়বগী—শাইদাংগে হায়ত্নুনা। অদোন নপুংয়ায়বু—খুমন নরৈশাকপু। ইন্দাল্লকপনে—য়েনবা লাকপনে। পাউখুমলবদা—খুমলবদা। লাইরেন—মৈদি ঙু। ইনোংয়ায়—ইমুনিপা। হোঙনেময়োয় খুঙাউ—নাইনিংগোং। য়িমকাংবা—য়াওং ইনবা। লাইরেন নঙবু—তুবী নঙবু। নোংয়ায়—খুমন। ইপুংয়ায় অনিদা—ইরৈপাক অসিদা। লক্তোাই নোংবু শাংনা—নুমিৎ মতম কুইনা। য়াংগোইমন্নরসে—লৈমিন্নরসে। ইপুংয়ায়দা—ইরৈবাক্তা। পাওমেল্লবদা—হায়রবনা।

নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুনশি য়ুম্নোইবগা লাইরেন মৈ দং-ডগা। নোংয়ায় মনিন নাই অদোন তানদনা পানমম্নরে হায়দবরা? লাইবেন মৈদি ডুনা অদোন লৈময়ায়দা লোইদাম থাবু শি লাংহৈ কুমবু ওন্না য়াংগোইমম্নবদা লহান নোংগী মশানৌ নোংবাল্লোন পীতভডা লীকল্লু লৌথিবী মুয়াম শাফবা লংমাইচা নুরা অতেংবী চেংলৌ শক্কোয় হেনবীবু মুংশি পূকনীং কায় সারা চাজুম ফকন-ডমদনা পুন্নুং সোটৈ হাংডমদনা মুংশি থাইনমম্বু চেংলৌ শক উদ-রবগী পায়মা উনবী খোয়খাউ ওন, খোয়জি চেনগুম চেনগানা লাইরেন অপন ওল্লাংসাউ মুংশি তাংজা লূকনা নোংথোইরবগীদমক মযু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোম পুনশি য়ুমোইবনা পাওমেল্লকএ। লহারন ইনোংয়ায় হোডনেংথোয থুঞ্জাউ লোকয়ি শেল্লোয়নাই, লংমাই তেংনা খিমকাবা-ও লাইবেন নডবু তুবী থমংলৈনচা থমং নিং-থৌনে। লীকলাই ব রংগোন লৈমাচারাংকোন নিংথৌনে। ইমোংয়ায়-নডনা নশানৌ নোংবাল্লোন পীতভডা লীকল্লু লৌথিব মুয়াম শাকবী

---

নো য়ায় খুমন নিংথৌ —খুমন লৈমাবা। পানমন্নরে—পানমিন্নরে, লৈমিন্নরে। অদোন লৈময়ায়দা—খুমন লৈপাক্লা। লোইদাম -থা। লাংহৈ—কুম, চহী কুম—চহী। য়া গোইববদা লৈববদা। লহান নোংগী-মমাডভৈগী। নোংগী-ঃমিংকী। মশানৌ—মমাউ ইরেম্মা, মতু। লংমাইচা নুরা—শেল্লোয় ল মায় নিংডান। চেংলৌ শক্কোয় হেনবীবু মশক মতৌ ফজবীবু। থাইনবমবীবু—শেৎনরমবীব কানরবীব। চেংলৌ শক উদরবগী—মশক উবা ফংদ্রবগী। পায়মা উনবী-পূকনিং। খোয়জি চেনগুম চেনগানা পূকনীং তয়াং ত.শা না। তাংজা লূকনা - মরু লুবন, মরাই হাইগত্তনা। নোংথোইরবগী-মতম লেল্ল-বগী, নুমি-লেল্লবগী। লাইরেন ইনোংয়ায় মৈদিংগু ইশূ ইবুঙো। লাইরেন নডবু—তুবা নডবু। তুব থম, লৈমাচা—মহারানীগী মচা। লীকলাই -

শীংলেন শেংনরা লৈরাং খাইনরবগী মপাম শেল্লোয় চীং লংমাই সনা হৈয়াই চীংদা কোরৌ খোইনা য়েং বাংবন পাংনা য়েংনা নোং-খোইখৌএ হায়য়ে, লাইরেন ইনোংয়ায় নচবু নরুম নাক্তা থাদনা তাল্লোয় লুমলেন হাংকখোইএ। ইমোম খয়োয়রোন অদোন লেম্বা চেন্থবু মনিং শুমলৈ লেম্প লেপফারবী মঙ্গু শগুলেম্প লেপথংলবী সোকলৌ তাঞ্জিন খোং পানেন খোকলেয় কাকবী ইমোম লেম্বা চনু খয়োয়রোন কৈরুংহাঙবীবু লাইরেন ইনোংয়ায় নঙোন্দা কাও-জনগে হায়না লনকুবীরে। লাইরেন মৈদিংঙুবু ময়ু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুনশি য়ুমোইবনা কোল্লোয় তৈনা শাগে হায়না মদাইরেম নোংয়ায় খাযা থনবা অদোন লাইথা তিনবশিংদা পাও-নেনখিয়ে। ইদাইরেম অদোন লাইথা মশিন নাইবশিংও লাইরেন মৈদিংঙু সোকয়ি শেল্লোয়ন য় লংমাই তেংনা য়িমকাবা অসিগীদমকপু

---

নিংথৌ। ইনোংয়ায়—ইশূ। নশানৌ—নহাক্কী নূপী, ননাউ ইবেম্মা। নোং-খল্লোন—অঙোম য়েক ওইবা য়ুমনাক্কী চয়। শীংলেন শেংনরা লৈরাং খাই-নরবগী—নিপা নূপী কায়নরবগী। মপাম—মপাগী মহুম। শেল্লোয় চীং লংমাই সনা হৈয়াই চীংদা—নোংমাইজীং চীংদা। কোরৌ—অতিয়া। বাংবন—অতিয়া। নোংখোইরেএ—শুমিং (মতম) লেনহোয়ে। নরুমনাক্তা থাদনা—নূপা য়াওদনা। তাল্লোয়—মতু, নূপী। লুমলেন—নূপী, মতু। ইমোম—ইচানূপী। খয়োয়রোন-খুমন চনু। মনিং-মনম্মা। মঙ্গু-মনেম্বোক ইমোম—ইচানূপী। খয়োয়রোন—খুমন নিংঙোন। কৈরুং হাঙবী—খুমন নিংথৌ অদোন পুনশি য়ুমোইবগী মচানূপী। ইনোংয়ায় নঙোন্দা—ইশূ-নিপা নঙোন্দা। কাওজনগে—থাজগে, নিঙোন পীগে। লনকুবীরে—থৌজানবিরে। ময়ু—মবুখো। কোল্লোয় তৈনা শাগে—শঙ্গাই শাগে, য়ুম শাগে। মদাইরেম—মনাই। নোংয়ায়—খুমন। খাযা থনবা লাইথা তিনব-

শঙলেন তৈনা শেমসে হায়না পাওমেনখিয়ে। ময়িম নোংয়ায়ন তেংথানা অদোম্না মা হায়না শঙ্গাইবদি য়াকোন-ও, লাইখনবু শরীক-ও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় পুমনা হুপনা শঙ্গাই য়াকো তৈনা শা, শরীক লাইখন তৈমা শেমনা তাওখঙবিখিয়ে। লাইরে মৈদিংঙুদি মরুপ্পী থয়োয়রোন কৈরু হাঙবগা নোংয়ায় শঙ্গা য়াকোননুং, অদোন শরীক লাইখননুং হুডাইবদা তয়ম নাইয়াম লো কাওরেন শনকোন তৈ মহুয় ময়েন লোই, কোরী শেঙ্গাউ য়া মকোন-মরীক থন, মঙা মফৌ লেমনা য়াংকোইরবদা লাইরেন ত দি ঙুবু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুনশি য়ুমোইবনা কো নোংজা খুদিংবু মিংশেন শক্কোয় শককুমনা থৌজান মায়য়োকন নোংয়ায় থাথারামমম্না অদোন লাইথা তেংন্নবদা হয়েং লোইদ থা মমুং ওই কুম্বা মম্নাই কারকলবদা হাওরৈ নোংচুপ থানা পাং রমগী কেগে চাউবা পুং মোইরং শাংবা য়ায়, শাংদোন লৈনাউতা

---

শিংদা—খুমনগী প্রজাশিংদা। ইনাইরেম—ইনাই। শঙলেন—যমজাউ শেমসে-শাশে। পাওমেনখিয়ে হায়খিয়ে। ময়িম—ময়ুম। অদোম্না—খুমন শঙ্গাই—য়ুমজাউ। য়াকোন—শঙ্গাই। শরীক—লাইখন। নোংয়ায় পু হুপনা-খুমনগী মী ময়াম তিন্না। শঙ্গাই য়াকোন তৈনা শা—শঙ্গাই (য় জাউ) শাদুনা। মরুপ্পী—মশানৌ, মতু। থয়োয়রোন—খুমন নিংঙোন তয়ম—মনাই। নাইয়াম—মনাই ময়াম। কাওরেন—শন। মকোন মর থন—মাগী লীককোন্না থন্না লৈবা। মঙা মফৌ লেমনা—মাগী চাবদগী অমসুং ফৌ চেঙ লেম্বা। য়াংগাইরবদা—লৈরবদা। কোরৌ নো খুদিংবু—তমিং খুদিংগী, নিতিগী। থৌজান মায়য়োকনা—য়ামনা লুনা চা লোইদাম—থা। হাওরৈ—মাংগৈ। নোংচুপ থানা পাংবরম—মোই

তরেং য়াংতৈ খা নিংথৌ খোয়রী হায়বনা খুন্দাবাই, থোংলেন হয়িং খোইচানা পুংখওপুং, মেনাং তনবা তুরেংকাই, মানবী খুচুম কেন্দবনা লমওকপুং কেগে পামলেন্না কোইবা, মোইরাং পুরেন্না ভাকপা পুং, হনবা কোকচাউ হন্ন, লৈথমনা কোইবা, ভানবা খান্নফাবা থোংভাই তেমফাবা পুংদগী ময়িম কেগে মোইরাং নিংথৌ ভাঙোই সনা লাকখ্বানা লোইদাম মন্নুং ওই, কুম্বা ময়াই কা, চানা তাংঈপান কোমপে কোংয়াংপান, ভৈরি ভৈরা পান, মোকলেন লুশিপান, হাওরৈ ফোল্লাংপান মেল্লৈ সেরাংপান, লৈসোক থোনকাপ ন, লৈরিথোনপা পান, চীংহাউ লমশংপানবু লৈরাং তমলৈ ওল্লকলবগী লোইদাম মন্নুং ওইরকলবগী, ময়িম কেগে মোইরাং রা লাংলেন কোওয়াং রা পুনশি রারোন য়াম, কেগে লমলেন নদাইনা থুয়োন কুমলৌথা, থোকচাউ থরায় মাঙ, তেমা লম্মহন, থুয়োন হৈতা চন্নুনা খাল্লে লৌকুম লমতা পানবা রা, কোওয়াং রা পুনশি রারোন য়াম, লাংলেন কোওয়াং রা নিংথৌ, কেগে মীসু নাদা কজেং থাঙহক চন্দা ময়িম

---

লাইজি। কেগে -মোইরা। খুন্দাবাই -খুন তাবা মফম। হয়িং খোইচা -থোংলেন। মেনাং তনবা--হামেং লাবা। মেনাং তনবা তুরেং কাই-হামেং লাবা কোইজোবা। মানবা-শল অমোম। খুচুম কেন্দবনা -মখোয় কেন্দবনা। কেগে -মোইরা। ময়িম -মায়ম। কেগে মো রা নিংথৌ -পুরিক লাই। ভাঙোই সনা লাকখ্বা-মোইরা নিংথৌ অমগী মিং। লোই-দাম-থা। ভাংঙোই-মোইরা। চীংহাউ -চীংখাও। ময়িম কেগে মো রাং রা-মায়ম (মোইরাংগী রা। লাংলেন-রা। কোওয়াং-রা। রা পুনশি -য়ামনা পুনশিবা রা। কেগে -মোইরাং। লমলেন মদা মা -লমদম, মফম। চন্না-নিঙোন্না। খাল্লে -লৌবুক। কোওয়াং -রা, লাংলেন। লাংলেন -কোওয়া রানিংথৌ -অথোইবা রা। কজেং-থাঙ। কজে. থাঙহকচন্দা-

কেগে শন্না থেংদবা, মতোন কৌচেঙ হাই, কোঙয়াং নোংবু লুমনা পানবা ৱাৱু লাংলেন কোঙয়াং হোঙ্গে হায়বগী অদোন পাইরৈপাক শেল্লৈডাইসুঙ খারি লৌখোং চুমন্নসে থিংপা লা ফামন্নসে হায়না পাইরৈ পাউকৌ নোং নোংয়ায় শেল্লৈডাইবু য়ুকৌনোংদা নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুনশি য়ুমোইববু কেগে মপুংয়ায়দা পাউ-কৌৱৈঙদা নোংয়ায় খুমন নিংথৌদি মোইরাং চাউহা পুংদা অহোঙ কূমৈ চংকে হায়না মরান থৌচংলকপদা লাইরেন মৈদিংঙসু মযু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুনশি য়ুমোইবগী হৈনা মতুং য়ান সনা মমৈ ৱায়না কেগে চাউবা পুংদা ঙাইরোয়নথিববু ময়িম কেগে নিংথৌ ঙাঙোই সনা লাকখ্রদি অহোঙ লৈরেন থৈনা সারেন পাকতকনা ৱাংলৈ ফাফেক্না, হাওদৈ খারি লৌখোঙচু, চামলৌ লাক্ষামতৈ, তরা লূবুমায়রেম লূকলেন্ পামনা খা খারম পারম পাকয়ু হোঙনা লাইরম পাকয়ু নৈনা কেগে হোঙনেংননা মোইরাং চাউনেংননা অহোঙ কূমৈ

---

থাঙফম লৈতবা। ময়িম—মমম। কেগে—মোইরাং। কোঙয়াং—ঙা। লাংলেন কোঙয়াং হোঙ্গে হায়দুনা—ঙা হোঙ্গে হায়দুনা। অদোন—খুমন। খারি লৌখোং। পাইরৈ—মবা গী কাংবু। পাউকৌ নোং—কৌরবা ইমিৎ। নো য়াই—খুমন। নোংদা—নুমিংতা। খুমন নিংথৌ—খুমন লৈমাবা; খুমন লৈকোয় ফম্বা। কেগে মপুংয়ায়দা—মোইরাং লৈবাক্তা। পাউকৌৱৈঙদা—কৌৱৈঙদা। অহোঙ—কূমৈ। মরান থৌচংলকপদা—থবক চংলকপদা। লাইরেন মৈদিংঙ সুঙ—মৈদিংঙু হোঙনেময়োয় খুঞ্জাউনু। মযু—মবুধৌ। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুনসি য়ুমোইবগী হৈনা মতুংয়ান সনা মমৈ-ৱায়না—খুমন নিংথৌ পুনসি য়ুমোইবগী তুংইন্দুনা। কেগে চাউবা পুংদা—মোইরাং লৈবাক্তা। ঙাইরোয়নথিববু—লোয়ননা চংমিন্নথিববু। ময়িম—মমম। কেগে নিংথৌ—মোইরাং নিংথৌ, পুরিকপ্পাই। ঙাঙোই—মোইরাং।

হৌওম্বদা রাইথুংলুয়ে। কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই সনা লাকখ্বানা নোংয়াই খুমন নিংথৌ অদোন পুনশি য়ুমোইববু পাউহংঙম্মে। নোংয়ায় নঙগী হৈনা মতুং ইন্না সনানামৈরায়রকপা তুরেন চংলৈ ননাউয়োক য়েনবোন চারা নখোঙসোম অসিবু নোংয়ায় নপাচা অদোন নয়েল্লু কনানো হায়মা পাউহংঙম্ববু হোয়দা কেগে নিংথৌ পোংলেনবা ঙাঙোই সনা লাকখ্বা ও। নোংয়ায় ইতুং ইন্না অদোন ইমৈ রায়রকপা অসিদি হৈরাঙ ইউশা তাউজিং ইহৈকোন কনাসুঙ নত্তে। লাইরেন মৈদিংঙু উরাকোন্থোবা মপারি সনা খাঙবাইগী রাকলেন তোংয়াইগী লোকয়ি শেল্লোয়ন ই লংমাই তেংনা য়িমকাবনে হায়না পাউতাকলবদা পাইরৌ অদোন পুনশি য়ুমোইবা-ও মৈদিংঙু লাইরেম

---

রাংলৈ—য়ু। হাওদৈ—য়ু। চামলৌ—লা। তরা—চাক। কেগে হোঙনেংনন মোইরাং চাউনেংননা অহোঙ কুম্মৈ হৌওম্বদা—মোইরাংদা অচা-অথক য়নচিংবা য়ামনা মরাং কায়না কুম্মৈ চাউনা তৌরম্বদা। রা থুংলুরে—য়ৌ ক্ষরে, থু লুরে। কেগে মোইরাং নিংথৌ—পুরিকলাই। ঙাঙোই—মোইরাং। সনা লাকখ্বা—মোইরাং নিংথৌ। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ—খুমন লৈকোয় ফম্বা। পাউহংঙম্মে—রা হংঙম্মে। নোংয়ায় নঙগী হৈনা মতুং ইন্না সনা মমৈ রাইরকপা—খুমন নঙগী নতুং ইরকপা। তুরেন চংলৈ—তুরেল লৈঙোই। নপাচা নয়েল্লু—নঙগী ধারা নালা। পাউহং ঙম্ববু—হংলম্ববু। ঙাঙোই সনা লাকখ্বা-ও-হে মোইরা নিংথৌ সনা লাকখ্বা-ও। নোংয়ায় ইতুং ইন্না অদোন ইমৈ রায়রকপা অসিদি—খুমন ঐগী তু ইন্না লকইবা অসিদি। হৈরাঙ ইউশা তাউজিং ইহৈকোন কনাসু নত্তে ঐগী ইচা ইশু কনাসু নত্তে। লাইরেন মৈদি ঙু—মৈতৈ নিংথৌ। উরাকোন্থোবা মপারি—উরকোন্থোবগী মচানিপা। সনা খাঙবাইগী রাকলেন তোংয়াইগী—মচানিপা য়ায়মা। লংমাই তেংনা য়িমকাবনে—শেল্লোয় লংমাইদা য়াও ইনবা অতুনে। পাউতাকলবদা—খঙহল্লবদা। পাইরৌ অদোন পুনশি য়ুমোইবা—ইরাই খুমন

হোঙনেময়োয় খুম্বাউ লংমাই তেংনা য়িমকাবা অসিবু পোই মচী চীয়েকবা মনাউ নাউয়োক বা, মীতু শকপামবা বা, মীে তাংথ বা, তালোয় খমন বা, বাঙম হয়ু মমুংসংবা রাবু কয়ি লৈব নোংয়ায় নঙোন্দা য়িমকাবা, অদোন নঙোন্দা চাক-তাংলবনো হায়: পাউহংববু হোয়দা শেল্লোরেম ঙাঙোই সনা লাকখা ও লাইরে ইনোংয়ায় হোঙনেময়োয় খুম্বাউ লোকয়ি শেল্লোয়নাই লংমাই তেংন য়িমকাবা অসিনা শেল্লোয় ময়িম চীংদা মুয়িনবা লংমাই তেন য়িমকাববু ময়িম শেল্লোয় লংমাইদি থাঙও য়োখান থেংগ, খুনফম ঙাংচেং নেৎকে হায়মা শেল্লোয় পূমনা হূপনা লংমাই খোঙশানখি-রবদা লাইরেন মৈদিংঙু উবাকোম্থোবনা নাগা লানগা থানা লংম ই লানগা মাঙহল্লে, অহুগীবু শেল্লোয় পূমনা হূপনা লংমাই পাকমা তাইনা লৈকাই পূজরুক লাংবন লৌওনলুকুববু লমশিংগে চায়না চীংশাং খোকসোয় হৌন য়িমলেন সাইগত কোয়রবদা মরুমবী

---

নি খো পুনসি য়মোইবা। পোইর —মৈতে। মচী — ময়াম্বা। তালোয় — মচু। তা থবা—লান্নবা। হয়ু মনু শ বা ো—হ ঙাইনদবা বা। নো য়ায় নঙোন্দা - খুমন নশাইকোন্দা। চাকতা লবনো-শাইদা লবনো। লাইরেন — মৈদি ঙু। ইনো য়ায়—ইসু। হোঙনেময়োয় খুম্বাউ — নাউথি খো। য়িম-কাবা—য়াওং ইনবা শেল্লোয় ময়িম চীংদা —নো মাইজো চীংদা। মুয়িনবা — য়াও ইনবা। শেল্লোয় লংমাইদি—শেল্লোয় লংমাংগী কাঙবুনা। থাঙও য়োখান থেংগে—থাঙও য়োখান লান্দাগে। খুনফম ঙাংচেং নেৎকে—খুনফম ঙাংজেং (লান্দা) ঙমগে। শেল্লোয় পূমনা হূপনা—শেল্লোয় লংমাই ময়াম হোদুনা। খোঙশানখিরবদা—যাত্রা তৌখ্রবদা। লাইরেন মৈদিংঙু উবা-কোম্থোবনা—মৈতে নিংথো উবাকোম্থোবনা। পূমনা হূপনা ময়াম হোতুনা। লাংবন অওন লুক —ফো ওয়বা শঙবাই। লমশিংগে—লম্মন খুমগে। খে ক-

নোংবাল্লোন পান্তত্তা লীকলু লৌথিবী থৌতিকখোনগী নোংয়ায় ইপুংয়ায়দা ইন্দাল্লকলে, নোংয়ায় ঐনা য়োকএ লাইরেন পুকনলে। নয়িম কেগে মোইরাংনা থুয়োন রাহোঙববু অহোঙ কুমৈ য়েংগে হায়না নোংয়ায় ইতুং ইন, অদোন সনা ইমৈ রয়রক নে হায়না পাউতাকলবদা কেগে মইরাং নিংথৌ ভাগ্যোই সনা লাকখ্বানা অদোন পুনশি যুমোইবা-ও শেল্লোরেম লাইরেন হে ভনেংয়োয় খুঞ্জাউ লোকয়ি শেল্লোয়নাই লংমাই তে না য়িমকাবা অসিবু তুবী থমং লৈমাচা, থমং নিংথৌ লাকপাই রাংগোন লৈমাচা রাংগোন নিংথৌনে। মীরেংপান কানা মীরাইরেন তেংফম চানে। শেল্লে মীরুতোং পাইরৈ ইরৈ ঙাকনা পানফবা চানে হায়না লাইরেন মৈদিংগুবু তরা লুকমাইরেম সারেন ফাহাপা লুকলেন পমনা হানা অনৌবা মায়থঙ হৌখিয়ে।

---

লোয় হৌনা—ময়াম হৌনা। য়িমলেন শাইগং কোয়ররবদা—পমগী মায়গে মরিদা কোয়ররবদা। মংম্বী—মতু। থৌতিকখোনগী—তাক্লকপা ঙা মতুংইন্না। নোংয়ায় ইপুংয়ায়দা—থুমন ইরবাক্তা। ইন্দা কলে—য়েনবা লাকলে। নোংয়ায় ঐনা য়োকএ—থুমন ঐনা য়োকএ। নয়িম—নাম। কেগে—মোইরা। থুয়োন রাহোঙববু—খঞ্জাউ লৈচাউনবদু মোইরা নিংথৌ সনা লাকথ্বাইনা থুয়োন হাওবা লা রববু থিজুনা থুয়োনগী ঙা হোঙবগী কুম তৌববু। অহোঙ—কুম। নোংয়ায় মতু ইন অদোন সনা ইমৈ রায়রকপনে—থুমন নিংথৌ ঐগী ইতুং ইল্লকপনে। পাউতাক্লবদা—হায়জুনা থঙহল্লবদা। মোইরাং নিংথৌ ভাগ্যোই সনা লাকথ্বানা—মোইরাং নিংথৌ সনা লাকথ্বানা। শেল্লোরেম—ইশেন। য়িমকাবা য়াওং ইন্‌বা। তুবী লা রেন, মৈতৈ নিংথৌ। থমং—কোনুং, কংলা। থমং লৈমাচা—কোনুংদা লৈবী লৈমনা পোকপা মচা। থমং নিংথৌ লীকলা রাংগোন লৈমাচা—নিংথৌগী মমাউ বেম্মা লৈমা কোনুংদা লৈবীনা চাবেক রাংগোনশংদা পোকপা মচা। মীরেংপান কানা

লাইরেন্ মৈদিংঙ্বু অমুম মায়খঙলবগা কেগে মোইরাং নিথৌ ঙাঙৌই সনা লাকখ্বনা পাইরৌরেম অদোন পুনশি য়ুমোইবা-ও লাইরেন্ ননোংয়ায় অসিবু নয়িম নোংয়ায় পূদা নূরা ঙাইখোং শিনশূরুক্কুম মতোম পাংশোই নীকনা য়াংগোইরিবরা হায়না পাউ হংববু নোংয়ায় খূমন নিংথৌনা হোয়দা কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাক্লোই সনা লাকখ্বাও লাইরেন ইনোংয়ায় অসিবু ইমোম নোংয়ায় খয়োয়য়োন কৈরুংহাঙবীবু তাল্লোয় নাক্তা থাহল্লিয়ে। কোল্লোয় তন্না শ্না নোংয়ায় খ'থা লাকমনা, অদোন লাইথ' তেমমনা য়াংগোইবব্ খোয়ম' তোমশক্তে লাংজেং তোনাদে হায়না অমুম পাউতাকলবদা তৌইগীদি পাইরৌরেন অদোন পুনশি য়ুমোইবা-ও। লাইরেন ননোংয়ায় অসিবু চেংলৌ শক্লোয় হেল্লে পূম্নং লিম্না ঙাল্লে,

মী ? রেন তোকবা চানে মীগী মীথো মাহেনবা মচনে। লাইরেন মৈদিংঙ্বু মৈদিংঙ হোঙনেময়োয় খ জাউব্ব। তরা লূকমাইরেম সারেন ফাহাপ্পা লূকলেন পমনা হানা চক চামিন্নহুনা। মায়খথ হৌথিয়ে—শকথ মায়খ নথিয়ে। মায়খ লবগা—শকথ নরবগা। কেগে মো রাং নিং—পুরিক্লাই। ননোয়ায় নশু। নয়িম নয়ুম। নো য়ায়পূংদা—খুমন লৈবাক্তা। নূরা—ইজা, লৈশাবী। খো লং। ঙাইখে শিনশূরুবাকুম -শিলুক্কুম। পা শো নীকনা—মতোমদা নুপী য়াওবনা মপা হাঙনা। য়াংগো রিবরা—লৈরিবরা। নো য়ায় পূংদা নূরা ঙাইখো শিনশূরুক্কুম মতোম পাং শাই নীকনা য়া গো রিবরা—খুমন ময়ুম পান্দনা (নুপী থিদনা) লৈরিবরা? পাউহ বব্বু—র। হংবব্বু। লা রেন—মৈদিংঙ্। ইনো য়ায়—শু। ইমোম—ইচানুবী। নোংয়ায় খূমন। খয়ো য়োন—খূমন নিংথৌনা কৈরুং হাঙবী—খূমন নিংথৌ অদোন পুনশি য়ুমো বগী মচানুপী। তাল্লোয়-মতু। কোল্লোয়—শঙ্গ ই, য়ুমজাউ। খোয়মা তোমশক্তে—মবুক ওনহন্দে। লাজেং—মথোক কারকপা। লাংজেং তোনন্দে—মথোক কারকপগী তাঙ্গা নাম্থোকহন্দে।

ইমোম কেগে মোইবাম্বা চম্ব লৈমা নামন চাউবীগী লাইরেন মৈদিংগু
লংম ই তেংনা য়িমগাবা অদিদা কাওজনগে। নমোম খয়োয়রোন অদোন লেমবা চনুগা খোয়মা তোমশংনদা লাংজেং তোনান্দনা মোমনু ঈনথোঙলীগুম শোযনদা ঈনথোঙ পারারীগুম্ববু হংগেন সাস নাইদনা পলেমপীমচা পনথৌ পামচা ইনুশিনয়োম্মা, নাউরা খোয়খাউবীদগী তামন্না খোমলং পীশিনমগী হৌমন্নবগুম ঙাই-রোয়নহনুও হায়না কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই সনা লাকখ্বানা মনেন ইরাংলোন কেগে মোইরামবা চম্ববু লাইরেন মৈদিংগুদা কাওজনদগী মরান লুহোং খোংদাং থিনগে শংলৌ থৌরাঙলকলে। কৈকন শম্বুং শঙদগী তাইয়ম মরেংশিন কাওরেন পাংতা তাকপা

---

পইবোবেন—ইবাই। অদোন—খুমন। নমোম্বায়—নশু। চেংলৌ শক্তোয় হেল্লে—মশক মতৌ নিংথিজ্জে, ফজে। পুনুং লিম্না ভাল্লে—মবেপ মতৌ চঙথোক্লে। ইমোম—ইচানুপী। কেগে মোইবাম্বা চম্ব—মোইবাং নিংথৌ চম্ব। লৈমা নামন চাউবী—মোইবাং নিংথৌ সনা লাকখ্বাগী মচানুপী। য়িমগাবা-য়াওং ইনমা। কাওজনগে—থাজগে। নমোম—নচানুপী। খয়োয়রোন—অদোন লেম্বা চনুগা—খুমন নিংথৌ চম্বগা। মোমনু—নুপী, ইজা। পলেম পীমচা—মমা অমত্তনা পোকপা মচা। পন্থৌ পামচা—মপা অমত্তনা পোকপা ইম্ব শিনয়োম—গর্ভ। ইনুশিনয়োম্মা নাউরা খোয়খাউরীদগী তামন্না—মমা অমত্তগী গর্ভ খাউদগী তামিন্নবা, পোকমিন্নবা। খোমলাং—খোম। ঙাই-রোয়নহনু—লোয়নননা লৈমিন্নহনু। কেগে মোইবাং নিংথৌ ঙাংঙোই সনা লাকখ্বানা—পুরিকলাই সনা লাকথানা। মমোম—মচানুপী। ইরাংলোন—মোইরা নিংথৌ চম্ব। চম্ববু—নিংথোনবু। লাইরেন মৈদিংগুদা কাওজনরবগী—মৈদিংগু হো নেময়োই খুঞ্জাউদা থাজরবদা। মরান লুহোং খোংদোক্‌বা—লুহোংবা। শংলৌ থৌরাঙলকলে—থৌরাঙ তৌরকলে। কৈকন শম্বুংশঙ—

মানপী চৌনমতপা লোইমু চীহেনবু কাওরেন শনফাং হোই, চৈরৈ মরোন থীঙমদনা, শেরী মখোঙ অব্রাংবা, শেঞ্জাউ মরাক অপাকপা, ফাগং ফিমু মশীং থীঙমদনা কেগে চাউবা পূংদগী নোংয়ায় থুমন নিংথৌগা লাইরেন হোঙমেংয়েংয় খুঞ্জাওগা ঙাইরোয়ননা মরান লুহোং-খোংদোং থিল্লকলে হায়দবরা ? নোংয়ায় থুমন নিংথৌ অদোন পুনশি য়ুমোইবগা লাইরেন মৈদিংঙুগা ঙাইরোয়ননা নোংয়ায় চাউবা পূংদা নুংঙাই মরাং কায়না রাইথুংলবদা লাইরেন মৈদিংঙু লোকয়ি শেল্লোয়নাই, লংমাই তেংনা য়িমকাবদি নোংয়ায় শংলৌ মথৌ-রাঙ অদোন য়েল্লাং মঙমদমগী কোল্লোয় তৈনা শেম্বা তুবী মাং-গোল্লাং নুঙাইবদা শরীক লাইথন চঙনা রাইথুংলবদা মরুস্বী খয়োয়-রোন কৈরু হাঙবীগা কেগে মোইরাম্বা চম্নু লৈমা মামন চাউবী-গা তাইয়ম নাইয়াম লোই কাওরেন শনগোন তৈ, মনী মপোংয়ান,

---

লোয়শঃ অমগী মিং। তাইয়ম—মনাই। কাওরেন—শল। মানপী—শল অমোম। লোইমু—ইরোই। কাওরেন শলফাং হোই—শল জোড়া জোড়া হোইতুনা। চৈরৈ—ফি। শেরী মখেঙ অব্রাংবা শেঞ্জাউ মরাক অপাকপা—শেল অচোবা। ফাগং ফিমু—ফি মখল অমা। মশীং থীঙমদনা—মশীং থীবা ঙমদনা, য়াম্না য়াম্না। কেগে চাউবা পূংদগী—মোইরাংদগী। ঙা রোয়ননা—লোয়ননা। মরান লুহো খোং দাং থিল্লকলে—লুহোংলতুনা থিল্লকলে। নোং-য়ায় চাউবা পূংদা—থুনন লৈবাক্তা। নুংঙাই মরাং কায়না—য়ামনা নুঙাইনা অব্রাং-অপা লৈতনা। রাইথুংলবদা—থুংলবদা। মৈদি ঙু লোকয়ি শেল্লোয়-নাই লংমাই তেংনা য়িমকাবদি—মৈদিংঙু নাউথিংখোং মঙাং ঙম্বা শেল্লায় লংমাইদা য়াওংইনবা অতুদি। নোংয়ায় শংলৌ মথৌরাঙ অদোন য়েল্লাং মঙমদমগী—থুমন্না থৌরাঙ তৌদুনা। কোল্লোয় তৈনা শাবা—ময়ুম শাবা। মাংগোল্লাং নুঙাইবদা মাংগোল নুঙাইবদা। শরীক য়ুমগী—লাইথন। রাই-

মণ্ডা মফৌ লেম, য়োংপুন তমপুন লোই, কোরৌ শেঙ্গাউ য়াম, চ সুক পুকা থন, লংলা পুগায়েমনা য়াংগোইমিন্নববু পল্লেমপীমচা পনথোপামচাগুম উনবী পুকতিন্ননা পায়মা লৌশিং লোনতিন্ননা পানমন্নরে হায়দবরা ?

লাইরেন মৈদিংঙু লোকয়ি শেল্লোয়নাই লংমাই তেংনা য়িমগাবা শেল্লোয় হুয়িনববু ময়ু নোংয়ায় থুমন নিংথৌ অদোন পুনশি য়ুমোইবনা কোরৌ নোংলেপ্পা চৌংনুং নোংতামদা শুহিং শমু থোঙনা তামদা নোংখিন চেংলৌ মিংনা য়াত্তনা নোংয়ায় য়োয়নমা মথৌজান অদান মরনকুবু পুকনীং য়োয়থোন্নবদা লাইরেন মৈদিংঙুদি ময়িম নোংয়ায় চাউবা পুংদা লকত্রোই নোংবু শাংনা নোংথোইরবদা অদোন তানদবনা লাইরেন মৈদিংঙুবু ইংথোন কৈয়োয় থা, কাওরেন শনপন

---

থু‍ংলবদা—য়োরবদা, থুংলবদা। তা‍ য়ম না য়ামলোই—মনাই য়ামনা লোইদুনা। কাওরেন শনগোনতে—শঙ্গোন থন্না। মমী—মাগী মী। মপোংয়াম-মাগী মা য়ামনা লৈবা, থু কনবা। মণ্ডা মফৌ লেম—ফৌ চেও ঙা-থুম মখোয়গী শা-জিননবদগী লেম্বা মখৈ। য়াংগোইম্মিন্নববু—লৈমিন্নবনু। পল্লেম পীমচা পনথো-পামচাগুম—মপা মমা অমত্তনা পোকপা পোকমিন্নবা মচান মনাউগুমনা। উনবী পুকতিন্ননা-পুকচেল খোয়জেন মান্ননা। পায়মা—লৌশিং। লোন-তিন্ননা—লোন্দিনননা, পুকমান্ননা। পানমন্নরে—লৈমিন্ন.র। ময়ু—মবুথৌ। নোংয়ায় থুমন নিংথৌ—থুমন লৈকোয় ফম্বা। কোরৌ—ঙমিং। নোংলেপ্পা-নোংমতা লেপ্পনা। নোংতামদা-নোংমতা হা-তনা। চেংলৌ—মিং। নোংয়ায়—থুমন। য়োয়নমা—খৌজান্না। অদোন থুমন। মরনকুবু—মখৌ-জানবু। ময়িম নোংয়ায় চাউবা পুংদা—ময়ুম থুমন লৈবাক্তা। লকত্রোই নোংবু শাংনা নোংথোইরবদা—ঙমিং য়ামনা কু না লৈরবদা। ইংথোন

লিংঙুম তুবী মাবু পুয়োকএ লাইরেন মাবু পুকল্লে ; অত্নগীবু নোংয়া
সনা ঈ অদোন মতেধাবু নোংয়ায় লীকলাইরীবা খুমন শনকো
খিনবা-ও তোনা কোএ । লাইরেন মৈদিংঙুদি তুবী শাবিরে
লাইরেন শানৌলেপপু লেপ ফংলবগী খমলাং পারেপ ফং, ইরে
পুরেপ ফারবগী ময়ু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুনশি য়ুমে
বনা নীংখনখিয়ে । লাইরেন ইনোংয়ায় অসিবু ময়ু তুবী য়োইনোং
নোংদা লাইরেন পাখংবা মরৈথঙবু চুপলেন নাবু ভান্না রাকলে
হাইচৌ খিন, নাশি পুংমায়রেমনা, সনা কোনফম তাউনা ময়ু লৈ
লৈরাই হানগে হায়না মদাইরেম নোংয়ায় খাথাথন, অদোন লাং
লেংনা তিনবশিংদা রা তানয়ে । ইদাইরেম নোংয়ায় খাথা মরাং
হৌবশিংও লাইরেন ইনোংয়ায় হোঙনেম য়োয় খুঞ্জাউ লোকফি
শেল্লোয়নাই অসিবু ময়ু তুবী য়োইনোংতা নোংদা লাইরেন পাখংব
মরৈথঙবু নপা শিনশুলেপ, রাকলেন হাইচৌ পুনা সনা কোনফ:

---

ফৈরোয়থা—ইংখোনগী শম্বন খাত্নুনা । তুবী মাবু পুয়োকএ—লাইরেন মা
য়োকএ । অত্নগীবু—মরম অত্নগীদমকপূ । অদোন মতেংথাবু—খুমন্না মতা
মগুন থাববু । লাইরেন মৈদিংঙুদি-হোঙনেময়োই খুঞ্জাউদি । খমলাং-মপা
ইরে—মপু । খমলাং পারেপ ফং হরে পুঁরেপ ফারবগী—মপা মপুগী লে
ফারবগী, মপা মপুগী খুবম ফংবা য়ারবগী । ময়ু—মবুধো । নীংখনখিয়ে—
খনখিয়ে । ইনোংয়ায় অসিবু—ইশু অসিবু । ময়ু—মবুধো । তুবী য়োইনোংত
নোংদা লাইরেন পাখংবা—মৈত্রবাক্তা খৃঃ ৩৩ দগী খৃঃ ১৫৪ ফাওবা পানখিব
নিংথৌ । রাকলেন হাংজো—চোঙ শেকপিন । নাশি পুংমায়রেমনা—নাদ
য়ান্নবা লৈতেং হাপনা । মদাইরেম—মনাই । লেংনা তিনবশিংদা—ময়া
তিনবদা । রা তান্নয়ে—খন্নরে । ইদাইরেম—ইনাই । ময়ু তুবী য়োইনোংত
নোংদা লাইরেন পাখংবা মরৈথঙ—মবুধো নোংদা লাইরেন পাখংবগী মফম

তাউখীগে ইদাইরেম ঙৈহুং শিনাই আখাচা নওবু লাউ-ও। লাইরেন মৈদিংঙু তুমী কোরৌ ননোংথৌ আসবু নোংপোক চাকশঙকাইতোনবীবা, লৈকাই তোমফাং কোন্নাথাঙনা নপা শিনশূরেন কোরী মাপোন তাউববু থাঙলেন পাইজা পীগুনো। চেংলৌ মঙম শোয়গনে হায়না হাইমলবদা অদোন শংলৌ মথৌরাঙবু থৌরাঙ মতোন লোমলবদা নোংয়ায় কংলা হাফোঙলাক্কা লাইরেন মৈদিংঙু অয়ামচা তেনচা তৈরী কাওবী শননম্ তানা পানহা হাগুবদি তরা চামাংদা, লাইজা ইথাদে চৈরৈ ফিঙৌ হোংনা নোংয়ায় কংলা হাফোঙ লাক্কা য়াকারকপবু নোংয়ায় থাথা অদোন লাইথা পূমনা তিন্না লাইরেন মৈদিংঙুবু চী খোঙ পুয়োক্কে। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুনশি য়ুমেইবনা শারেন য়েংনা কোন্না য়োয়নরবদা মদাইরেম নোংয়ায় আখাচানা লাইরেন মৈদিংঙুবু নপা শিনশূরেন কোরী

---

থাকলেন হাইচৌ পুনা—চোঙ শেকপিন পুনা। শিনাই—খুৎহৈবা। লাইরেন মৈদিংঙু—মৈতৈ নিংথৌ। কোরৌ ননোংথৌ—নবুংঙৌ। নোংপোক চাকশঙকাং তোম্নোবা—হুমিৎকুম তরং তরংনা (তর তহেন্না) ফজবা। চেংলৌ মঙম শোয়গনে—মমিং শোয়গনি, মমিং তাঙ্গনি। হাইমলবদা—হান্নরবদা। অদোন শংলৌ মথৌরাঙবু থৌরাঙ মতোন লোমলবদা—খুমন্না তোগদবা থৌরাঙ পূম্নমক লোইরবদা। নোংয়ায়—খুমন। তরা চামাংদা—চাকশেং চাতুনা। চৈরৈ ফিঙৌ হোংনা—ফি অঙৌবা শেংনা। য়াকারকপবু—কারকপবু। পূমনা তিন্না—মন্নাম তিন্দুনা। চীংখোঙ পুয়োকলে—নিংথৌবু ঙাকলে। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ—খুমন লৈমাবা, খুমন লৈকোয় ফম্বা। শারেন য়েংনা কোন্না—খুৎ য়েংনা কোননা। য়োয়নরবদা—থৌজানবিরদা, লুনা তৌরিববদা। মদাইরেম—মনাই। নোংয়ায়—খুমন। লাইরেন মৈদিংঙুবু—মৈদিংঙু হোঙনেমযায় খুঞ্জাউবু (নাউথিংখোংবু)। খোয়মা—পূকনীং।

নাপোম শৈমন। কোনফম তাউবীরবু খাঙলেন পায়হ্নদে থোয়্ন
লৈনম হূকতে লাইরেন চেংলৌ মপুং ফাহৌরে, শকলেন মঙা
নাইহৌরে হায়দবরা? লাইরেন মৈদিংঙু লোর্বয়ি শেল্লোংনা
লংমাই ঙেংনা য়িমকাবদি রাকলেন হাইজৌ পু নাশি পুংমাইরেন
ময়িম নোংয়ায় পুংদা য়াংগোইববু লোইদাম থাবু শি লা হৈ কুম
ওল্লকবদা লহান নোং শেল্লোয় পল্লিং নোং লংমাই পনচোংঙেগী মথৈ
লাইরেন মপা মৈদিংঙু উরাকোম্হৌববু চেংলৌ শক উদা পলেম
মৈতৈ লৈমা থাবরোন নোংজেংশুবু পুন্থং লেপথওদা মশানৌ নোং
ল্লোন শীতঙঙা লীকলু লৌথিবী য়ুয়াম শাফবীবু থুংশি চেংলৌ শ
উদনা য়াংগোইরবদা নোংয়ায় থূমন নিংথৌ অদোন পুন্সি য়ুমোইব
লাইরেন ইনোংয়ায় অসিবু নোংয়ায় ইপুংযায় অসিদা পুনশি মতো
লোমফরোই, হয়েং ফম্মোইমিংতা ফম লল্লাংমৈদা তোংনা পোচী
থুল নিংথৌবু ওইঙেনে। হাওৈর অৱাং লাইনা পাংবরম ময়ু থুংবা
হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুনশিবদা শিঙংহমগে হায়না অনৌবা শং

---

শকলেন মঙান নাইবা-ফজবা, নিংথিজবা। রাকলেন হাউজৌ পু-চোঙবে
থাননা। ময়িম—ময়ম। নোংয়ায় পুংদা—থূমন লৈবাক্তা। য়াংগোইব
—লৈববু। লোইদাম—থা। লা হৈ কুমবু ওল্লকলবদা—চহী ওল্লবদা
লহান নোং—অদুঙৈ, মমাঙৈ। শেল্লোয় পল্লিং নোং লংমাই পনচোংঙ
মথৈবু—শেল্লোয় লংমাইদগী চেনথোরকপা অদুদগী। লাইরেন মপা মৈদিং
উরাকোম্হৌববু—মপ বুং নিংথৌ উরা কোম্হৌববু। চেংলৌ শক উদা-মশ
উদনা। পলেম-মমা। মৈতৈ লৈমা—মৈতৈ মা, মৈতৈ লৈমাবী; মহার পী
থাবরোন—থাবা শলাইগী চনু নিঙোন। থাবরোন নোংজেংশু—থাবা নো
জেংলগী মশু। মশানৌ—মনাউ ইবেম্মা, মচু। নো বাল্লোন—অঙোম চন
চেংলৌ শক উদনা—মশক উদনা। য়াংগোইরবদা—লৈরবদা। ইনোংয়ায়

ঙমদমখিয়ে, যেল্লাং থৌরাঙলে। লাইরেন ইনোংয়ায়-ও নঙবু নোং-য়ায় ইপুংয়ায় অসিদা পুনশি মতোন লোমফরোই।

তুবী থমং লৈমাচা থমং নিংথৌনে, লীকলাই বাংগোন লৈমাচা বাংগোন নিংথৌনে। লাইরেন শেল্লে মীকতোং পাইবে মীরুতোং পাইরে ইরাই ডাকনা পানফনা চানে। লাইরেন নপা মৈদাংঙু উয়াকে খোঁববু অহন মতন ওই, হয়ু নয়াই কা, হনবা মবেং চনা, কৌবোং পানপে নীকলে হায়বে। লাইরেন নঙবু হয়েং পোইরে খুল নিংথৌবু ওইডৌনে হায়না অস্তম পাওমেল্লবদা লাইরেন মৈ-দিংঙুনা ইয়ু নোংয়ায় নঙমদম তদোন নথৌরাঙবু মাই রাকনফরে। ই হায়না পাউ য়ারবদা নোংযায় খুমন নিংথৌ অদোন পুনশি যুমোইবনা অনৌবা হন্না পাওমেন হৌবকএ। লাইরেন ইনোংয়ায় ও নঙদি নোংয়ায় ইরমশাং পে হইরে ইডাই ঙ ইথিবম রাংঙম লমচংশরেন খুমু উক্টইরমলেন, রাংঙম মনা লমদাংলেনবু ইন্দ নাখিংনো। লাইরেন

---

ইশুনিপা। নোংয়ায় ইপুংয়ায় অনিদা—খুমন ইরপাক অসিদা পুনশি মতোন লোমফরাই—পুনশি চেঙজল লো ফবাই শিফরোই। থম্ব কলা, কোনু। লীকলাই নিংথৌ। বাংগোন লৈমাচা রাংগোন নিংথৌন নি যৌগী লৈমনা। কানু দা বাংগান শাদা পোকপা নিংথৌশী মজাইবুংঙে। ন লাইরেন নপা মৈদিংঙু উরা ক খোঁববু-নপাবু মহারাজ উরা বোম্বু বন হনু ময়া কা, হনবা মবেং চননা—বামনা অতল ওইরজনা। লাইরেন নঙবু হয়েং পেইরে খুল নি থৌবু ও ইঙনে—নহাক্তি মৈতৈ নিংথৌ ওইম্মনি নঙমদম নথৌরাঙ। মা রাকনফরোই মা হায়ফবোই য়ানফবোই। পাউ য়ারবদা য়ারবদা। অনৌবা হন্না পাওমন হৌরবএ—অমুক মনা নো। পাওমেল্লকএ। নোংয়ায়—খুমন। ইরমশাং—ঐথোয়গী লম্বা অশাবা।

নপা। মৈদিংঙ্গী তুবী সনা মখোঙখাদা যাইথুংলুগনো। নমায় হাওরৈ অরাং লাইনা পাংনা হাওয়েন য়াংগোই ঈবু কৈনা শম, লমলেন লোয়য়া তম্‌লোনমা লামৈ লাকপা লাসোং পাম্বা হাওমুরক্ কম্বী ফাবা হাওসমলক্কী ভাইখোম্বা লাবা খোকমৈ সোনলম, লালু মচেন লমবু য়াংলো লমশাং ইন্না নরান পোইরৈ খুন কাখি ও। অরাং কৌবা চীংলুখুম য়েনবঙ ফাইবংপাকপা, পুংফাই তোনয়াম পানবা চীংদা নযু মুংবান হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুনশিবা মরানয়ায়দা যাইথুংলু-ও। নযু পুনশি মরনকু মুংবান য়োয়না মথৌজানবু য়োম্না লনকুঙ্গামগৈঙনে হায়না নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুনশি য়ুমোইবন লাইরেন মনোংয়ায়গীদমকপু মরান পোইরৈ খুনগাথোবদু লাঙলকলে। অঙণ্ড অউনগা কৈকন শল্লুং শনশেন নাইমোই অপকমা পুমনা

---

পোইরৈ—মৈতৈ। লমচাওরেন—লমজাও অচৌবা। খুনু—অরিবা, হাননগী। হাওম—মৈতৈ, পোইরৈ। সনা লমদাং লেনবু সনা লমজাওবু। ইন্দান-থিগনো—চংথিগনো। লাইরেন নপা মৈদিংঙ্গী সনা মখোঙখাদা—নপাবুং মহারাজগী সনা খুয়াদা। যাইথুংলুগনা থুংঙগনি। হাওরৈ মায়গ। অরাং লাইনা পাংনা—অরা কৌক্রু ওননা। য়াংগোই ঈবু-য়া গোই তুরেনবু। লমলেন লমদম। য়াংলো লমশাং ইননা—লম্বী মতুং ইননা। নরান—নয়ুম। পোইরৈ খুনকাখিও মৈতৈদা খুল কাখো। অরাং কৌবা চীংলুখুন—কৌক্রু চীং। য়েনবঙ ফাইবং—নাপী মথল অমা। পুংফাই—নাপী জাৎ অমা। নযু—নবুথৌ। মুংবান—লুরাং। মরানয়ায়দা—মমুমদা। যাইথুংলুও—থুংলুও। নযু পুনশি মরনকু—নবুথৌ লুরাংনি থৌ পুনশিবা মথৌজান। য়োম্না—শোয়দনা। লনকুঙ্গামগৈঙনে—থৌজানবিরমগদবনে। অদোন পুনশি য়ুমোইবনা—খুমন নিংথৌ পুনশি য়ুমোইবনা। মনোংয়ায়গীদমকপু—মশু ইহুঙথোগীদমক। মরান পোইরৈ খুনগা থোবদু লাঙলকলে—মযুম মৈতৈ লমদা কাখিনবা থোরাঙ

লোইরবদা তয়ম মগীশিন, কাওরেন শনকু হোই, শেল্লী শেঙ্গাউ, ফাগং ফিমু মুংফি লৈরবা কানা হাপনা সনা রূপা পুংবুরেমনা অদোন য়োয়না ঙমদম লোইরবদা নোংমায় থুমন নিংথোনা ইদাইরেম হাওবা লঙ্গলাং খমলাইতোংও নঙদি লাইরেন ইনোংয়ায়গী হৈনা মতুং ইন্না তয়ম নাইমুংচঙবু ওইনা তুবী মাবু পুয়োকলু লাইরেন পুকলু-ও। ইদাইরেম হেৎনা লাংতে লৌমল্লাং সোইরেন ই মক্কদা নাউয়ানবা নুঙমুঙ লাইরেন ইনোংয়ায়বু চীংখোঙ পুয়োকলু-ও লাইরেন পুকললু-ও হায়না পাওমেল্লবদা নোংয়ায় মথৌরাঙ অদোন মঙমদমবু লোইরবদা লাই-রেন মৈদিংঙুবু মুমিং অরুবা থবা অশেংবা থম্না থৌরাঙ মতোন লোমললবদা লাইরেন মৈদিংঙু লোকম্নি শেল্লোয়নাই লংমাই তেংনা খিনকাবনা নোংয়ায় মপুংয়ায়দা মুংশি পুকনীং পীনা লাইরেন চীন-গোই ময়াথং লাংবন চীংশাং খোইরেনবী গুম থুমকোইবনা নোংয়ায় শেল্লেপাই কৌনা অদোন পাইথৈ বাহায়ননা কোল্লোয় য়াথং হুংওনবনা

---

হোৎনবিরকলে। তয়ম—মনাই। কাওরেন শনকু হোই—শল শম্লুপ শম্লুপ হোইহুনা। ফাগং ফিমু—ফি জাং অমা। মুংফি—ফিজাং অমা। সনারূপা পুংবুরেমনা—সনা লুপা মপৈ মপৈ। ঙমদম লোইরবদা—থৌরাঙ লোইরবদা। ইদা রেম—ইনাই। লাইরেন—মৈদিংঙু। ইনোংয়ায়গী হৈনা মতুং ইন্না—ইশুগী মতুং ইন্না। তয়মনাই নুংচঙবু ওইনা—মনাই অচেৎপা ওইনা। তুবী—লাইরেন। ইদাইরেম-ইনাই। নাউয়ানবা-পোকপা। চীংখোঙ পুয়োকলু-নিংথো ঙাক শেল্লুচো। পাওমেল্লবদা-খোদারবদা। নোংয়ায়-অদোন, থুমন। মঙমদম—মথৌরাঙ। মুমিং অরুবা থবা অশেংবা থম্না—অফবা মমিং থরান-মিচাক অফবনা পানবা মতম থম্না। থৌরাঙ মতোন লোমললবদা—থৌরাঙ লোইরবদা। লোকম্নি শেল্লোয়নাই লংমাই তেংনা খিমকাবনা—মৈদিংঙু হোঙনেমলোয় খুজাউনা। নোংয়ায় মপুংয়ায়দা—থুমন লৈবাক্তা। চীনগোই -

পাওমেন্নরম্মে ; নোংয়ায় মপায়াই অদোন মপুৰাই নোংয়ায় লৈকোয় ঙাকপা অদোন কোয়ৌ মনোংথৌবগী চাংজৌ চপনা লোম্না পুনেমজরম্মে। লাইয়েন মৈদিংঙুদি ময়ু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুনশি য়ুমোইববু, মুংশি পোনবী চীনওক্লবগী য়াবম মতোন লোয়্নবদা নোংয়ায় লৈকোয়পুংদগী শমু থোঙশাল্লকলে হায়দবরা ?

নোংয়ায় পুমনা হূপ অদোন পাকনা তাইনা নমু মীয়াম তিন. তুরেন নামতু মরীন থম্না অদোন কংলৈ মশূমাঙদা লাইরেন মৈদিংঙুবু মুংশি থৌকাউথিরবৈঙেনে হায়না মীকপয়ৌএ। নোংয়ায় চা মুয়া অতেংবী তুরেন নামতু থাযিঙুবী, অদোন চা পাখং লৈয়াই থাযিতাবশিংনা লাইরেন মৈদিংঙুবু খুবাক লাইথন শা কোজোই মীংসা ওয়া মিংয়েং শানখৈয়ৌএ । লাইরেন মৈদিংঙু লোকয়ি শেল্লোয়নাইদি তয়ম মমীশিন কাওরেন শনয়াম জোই ময়ু নোংয়ায় মরমকুপী অদোম মচেং কোঙায় পুনা ময়ান খুনগারকলে ।

---

য়াথং। চীংশা খোইরেন হীগুম—খোইরেনগী খো হীগুম । য়া হায়ননা—পূকমেন পাওমেন্নতুনা। কোল্লোয় য়াথং ঙংওনবনা পাওমেন্নরম্মে—ঙংশিবা য়াহৈ য়াতা হায়তুনা পূকমেন পাওমেন্নরম্মে। মপারাই মপুরাই—মপা মপুগী লাই। চাংজো চেপনা লোম্না—মথু, জুর তৌতুনা। পুনেমজরম্মে—খুঋমজরম্মে। অদোন পুঁনশি য়ুমোংববু—খুমন নিংথৌ পুঁনশি য়ুমোইববু। চীনওক্লববু—য়া ঙাওনববু। মতোন লোমলবদা লোইরবদা। নোংয়ায় লৈকোয় পুংদগী—খুমন লৈবাক্তগী । শমু থোঙশাল্ললে—যাত্রা তৌরকলে, থোঙদোই হুল্লকলে। নোংয়ায় পুমনা হূপ অদোন পাকনা তাইনা—খুমন লৈবাক মীয়াম হোদুনা । নামতু মরীন থম্না—তুরেন মরীন থম্না। কংলৈ - শূমাঙ। থোকাউথিরবৈঙেনে—কাউনথগনি। মীকপয়ৌএ—কপ্পহোরে। নোংয়ায়চা—খুমন মচা। মিংয়েং শানখৈরৌএ—য়েংতুনা লৈহৌএ। লা রেম

লমলেন মদাইমা হাওয়েন য়াংগোই ঈ হুয়েন লাম্নিগীদি হাওয়েন য়াংগোইবী য়াংগোইবাকানা ঈ, হাওবা য়াংগোই পাত্তোম্বা সোম্সেনবা তন্নকমক্তা মুংবান লুরাং চয়ু য়োইরুমলোন তৈমু অহেনবী চকমোম বাঙৈচেনবীনা মোমনু শীংলেন তাইজবাসম হাওয়েন য়াংগোই ঈবু খোংলেন হেমতৌ লাল্লকলে। লমলেন মদাইমা লামৈ লাকপা লাসোংপাম্বনা লোয়য়া লানতনবরম লাল্লোয় লমশাং ইনখৎলকলে লাইরেন মৈদিংঙুনা লোয়য়া নাইতেনরকলবদা ময়িম থাঙজা কম্বোংনা রাংলৈ ময় লানঙম্বনু রাংলৈ অয়াকপা হাওদৈ অথুম্ববু খারি খোইখৎতম্ববু রাংলৈ সেকনীং রাংলবগী য়াওবা কাও খোইমোম শন লেমলৈ ভানৈশাং হৈনারুবু লোনলু থাওদা থেকনা সেকনম নরমএ অচু নোংগীবু লমলেন লোনলৌ সেকসা লেকসা খাঙবাক্ত থেংও তৌনা কৌএ। লাইরেন মৈদিংঙুদি পাসি লোকপা চীং সনা হাইনুমান, লাংচেং কোন্ত সাকোন অপাইবনা ফোইথা চীং, কাওরেন

মৈদিংঙু লোকস্নি শেল্লোয়নাইদি—মৈদিংঙু নাউথিংখোংদি। তরম মরীশিন কাওরেন শনয়াম হোই—মনাই মশন য়ামনা পুহ্নুনা। মরনকুগী—মথোজানগী। কোঙ্গায়—মচে। মরান থুনগারকলে—ম মদা কারকলে।

লমলেন মদাইমা লমদম। য়াংগোই ঈ—য়া গোই তুরেন। হুয়েন—লান। মুংবান—লুরাং লুরাং চয়ু—নু বাল্লোন, লুরাং নিংথোন। য়োইরুমলোন—লুরাং য়েক ওইবা য়ুমনাক্কী নিংথান। চকমোম—মৈ। মোমনু—নুজা, নুপী। হাওশেন য়াংগোই ঈবু—য়াংগোই তুরেনবু। লাল্লোয় লমশাং ইনখৎলকলে—লাল্লোয়গী লম্বা তঙনা লাকলে। লোয়য়া নাইতেনরবদা লোয়য়াগী মপা য়োনা লাকসবদা। ময়িম—মাম। থাঙজা কম্বোং—মণিপুরগী মী জাৎ অমা। রাংলৈ—...। লানঙম্ববু—লানলম্ববু, পীরম্ববু। হাওদৈ—...। লেমলৈ—ভা। লোনলু—ভা ফানবা লু। সেকনম্নরম্নে—মরাঙ কায়রম্নে।

মরা শনকৎলম্বু হেম্বকলে। লমলেন মদাইমা নিংথৌ য়ুকাংবা ময়ি-মনাক, হাওরোক সমারাই. কোম্থৌ মতুয়া, নোংয়ায় কাংচিন লমকন য়াওবব্‌ শিগবরা শিদরাই, পোইরৈ মৈতৈ লময়াই চিমাঙাংবা লোয়য়া লমকন য়াওবা পায়মা উনবীপরৈলনবদি শমু মমুনা কানা নোংমনরাই, পোংলাং লম ওন্দথোক লোয়য়া কাংওক্সুংব্‌ নাতৈনরকলে। লাইরেন মৈদিংঙ্‌না লোক্লোয় লমশাং ইমা নোংয়ায় চাউবা পুংগী মরান খুনগারকলবদা ময়িম লোইবী মরেমনা কাম্বিং শোং পুনা থাংথা থামেন পোনবু তৈনা হান, পান পোন শিং পোন সেম, শীংপোন লাপোং য়াওনা লাইরেন মৈদিংঙ্‌বু লেমনা কাইনা পুরুমতম্মে অতু নোংগীবু লমলেন পোং হাওকোই হাওকৈ পোংমা হাও-ও তৌনা কৌএ। লোইবী লায়ান খোওয়ীন কোম নাশিরোংনা য়াওমৌ শায়েং কাই হাওকৈ পোংমা হাওবু হেনথখৎলকলে। লমলেন খেনতাউ পুং তাউপুং লম্মহুনবু নাতৈনরকলে। লমলেম মদাইমা নয়োন মৈতৈলৈমা নোংবাম্লোন হওচো ওম্বী চোইনৌ সনা খোমহান লম হাওচোং লৈমা কৈথেনথানবী মোমহু য়াওরা

---

লাইরেন মৈদিঙ দি—মৈদিঙ্‌ নাউথিংখোংদি। কাওক্লেন—শল। লমলেন—লমদম। মদাইমা—মকম। শিগবরা শিদরাই—শিগবরা হ মবনু শিদবা মকম। পোইরৈ—মৈতৈ। পায়মা উনবী—পুকনীং। নোংমনরাই—শিকম, শিথিবা মকম। কাংওমুং—লম অমগী-মিং। না তনরক্লে—মপা য়োনা লাকলে। লোক্লোয় লমশাং ইমা—লোক্লোয়গী লমগী মচুং ইমা। নোংয়ায় চাউবা পুংগী—খুমন লৈবাক্তগী। মরান খুনগারকপদা—মখুমদা কারকপদা। লোইবী—হাও। মরেম—হাও। পুরুমতাম্মে—খুরুমতম্মে। লমলেন—লমদম। মদাইমা—মকম। নয়োন—নবেন। মৈ ত লৈমা—মৈ তগী মহারানী, মৈ ত লৈমাবী, মৈত্রেমা। নোংবাম্লোন—অওোম য়েক ওইবা মুম-

মশী শু চকমোম তেমথাওলোনবী লোইদাম থাবু ফাবীগা থানা নমু পোংপুম ভক্ক শুনা পোকলকপবু ওম্বা লানথোয়াও [illegible]ন কৈমি নপস্থও পোকলকএ অদু নোংগীবু লমলেন হাওমও মী ভক্ক পোকও থোংমৈএ। লাইরেন মৈদিংগুনা লমলেন হাওমও মী ভক্ক পোকপু মাক্তেনরকলে । লাইরেন মৈদিংগু লোকয়ি শেল্লোয়নাই লমাই তে না যিমকাবা শেল্লোয নুয়িনবদি মযু নুংবান মযিমনাক লুবাং মশাইকোন্দা মাইথুংলুরে ।

লাইরেন মৈদিঙুবু মযু নুংবান মযিমনাক লুবাং নিংথৌ পুনশিবনা লাইরেন ইনোংয়াই লোকয়ি শেল্লোয়নাই লংমাই তেংনা যিমকাবা নঙদি করিগী নুংবান অযিমনাক লুবাং ইশাইকোন অসিদা লাকপনো। হায়না পাউহংববু হোযদা ইযু নুংবান লুবাং নিংথৌ পুনশিনা ও লাইরেন নোংয়ায় ঐনা শেল্লোয় সনা চাংদা মুখিনবা,

---

নাক্কী চং। মোমনু—নুপী, হজা। মোময় য়াওবা মশী শুববী—গর্ভ লৈবা কুম-থা শুববী। চোংনৌ সনা। চকমাম—মৈ। চকমোম তেমথাওলোনবী —মহক থেংলবী, মবুক কংলবী, গর্ভ লৈরবী । লোইদাম থাবু ফাবীগা—থা শুববীগা। নমু পোং—মী। পোকলকপবু—নাউনেংরকপবু। লান্থোয়াও—লান্দা থোবা। লাইরেন মৈদিংগু লোকয়ি শেল্লোয়নাই লংমাই তে না য়িম-কাবা—লাইরেন মৈদিংগু হোওনেময়ো থুঙাউ। শেল্লোয নুয়িনবদি—নোংমা জিদা য়াওং ইনুবদি। মযু—মবুধো। নুংবান লুবাং। লুবাং মশাইকোন্দা—লুবাংগী মমদা, লুবাং নিংথৌ পুনশিবগীদা। মাইথু লুরে—থুংঙরে, য়োরে। লাইরেন মৈদিংগু বু—মৈদিংগু নাউদি থাবু। মযু—মবুথো। নুংবান হোংনেম লুবাং নিংথৌ পুনশিবনা—পোক্ত্রী লুবাং উবা মপারি লুবাং নিংথৌ পুনশিবনা। ইনোংয়ায়—ইশুনিপা। নুংবান অযিমনাক লুবাং ইশাইকোন অসিদা—লুবাং ঐগী ইয়ুমদা । পাউহংববু—রা হংববু । ইযু—ইবুধো। নুংবান লুবাং। ননোংয়ায় ঐনা—নশু ঐহাকনা। শেল্লোয় সনাচাংদা—নোংমাইজি চাংদা।

বাংলৈ অয়াকপশু থিংবা লাধামখিৱ-ও হায়না অদোন পাইরৈ পাউ কৌরকৈদা লাইরেন ননোংয়ায় ঐনা ইয়ু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুনশি য়ুমোইবগী হৈনা মতুং ইন, সনা মমৈ ৱায়না অহোঙ কুমৈ চংলুববু ময়িম কেগে মনিংথৌ পাইরোরেম ঙাঙোই সনা লাকখ্বানা নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুনসি য়ুমোইবদা পাউহং-খোনগী নোংয়ায় পাউতাক থঙনা য়োয়না থৌজান মায়য়োক্কঙমএ। মমোম ইৱাংলোন কেগে মোইরাঙ্বা চনুবু লাইরেন ননোংয়ায় ঐঙোন্দা কাওজনরকএ। ময়িম কেগে মোইরাংনা মরান লুহোং-খোংদোং থিল্লকএ। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুনশি য়ুমোইববু ঙাইরোয়নন ময়িম নোংয়ায় পুংদা ৱাইথু লরে। নোংয়ায় মানা য়োকএ অদোন মানা কনববু তুগী ইরং পুবেপফা লাইরেন থমলাং পারেপ

---

নোংচুপলা পাংবা লমগী—নোংচুপ মায়গেগী। কেগে মনি থৌ—মোইরাং নিংথৌ। ঙাঙোই—মোইরাং। খুয়োন ৱাবু—খুয়োনগী ৱাবু। লাংলেন কোঙয়াং—ৱা। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ—খুমন লৈমাবা। অহোঙ—কুমৈ। অহোঙ কুমৈ চ লকও—কুমৈদা লাকও। ৱাংলৈ অয়াকপা—খু অয়াকপা। অদোন—খুমন। পাইরৈ—মৱাই। পাউ কৌরকৈদা—লাকউ হায়রদা। ননো য়ায় ঐনা—নশু ঐহাকনা। ইয়ু—য়ুবো। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ—খুমন লৈমাবা। হৈনা মতুং ইন সনা মমৈ ৱায়না—তুং ইন্দুনা। অহোং কুমৈ চংলুববু—খুয়োনগী ৱা হোঙবগী কুমৈ চংলুবব। ময়িম কেগে মনিংথৌ—মোইরাং নিংথৌ। পাইরোরেম—মৱাই। ঙাঙোই সনা লাকখ্বানা—মোইরাং নিংথৌ পুরিকপাই সনা লাকখ্বানা। য়োয়না থৌজান মায়য়োক্কঙমএ—য়ামনা লুনা তৌবিরম্মে। মমোম—মচানুপী। ইৱাংলোন কেগে মোইরাঙ্বা চনুবু—মোইরাং নিংথৌগী মচানুপী কেগে মোইরাঙ্বা চনু লৈমা নামুন চাউবীবু। ননোংয়ায় ঐঙোন্দা কাওজনরকএ—নশু ঐঙোন্দা থাজরকএ। মরান লুহোং

ক'লরদা নপা শিনসুরেন্না কোরী নাপোমথোংবু তাউথঙবিরবদা ইয়ু তুবী য়োইনোংতা নোংদা লাইরেন পাখংবা মরৈখঙবু থাকলেন হাইজৌ পুনা, নাশি পুংমাইরেম সনা কোনকম তাউবিরবদা চেংলৌ ঐগ্রী মপুং ফানা অদোম শাংবম্মায়দা লাইরেন ইপা মৈদিংঙুবু চেংলৌ শক উদা পল্লেম মৈতৈলৈমা থাবরোন নোংজেংবু পুম্নং লেপ খণ্ডদা, ইশানৌ নোংব ন্নোন পীতচঙা লীকলু লৌখিবীবু হুংশি চেংলৌ শক উদনা য়াংগোইরববু ইয়ু নোংয়ায় থুমন নিংথৌ অদোম পুনশি য়ুমোইবনা পাওমেল্লকএ। লাইরেন ইনোংয়ায় লোকয়ি শেন্নোয়নাই নঙবু নরান পোইরৈ থুনকাখিও। পোইরৈ নরমশাংবু ইন্দানখিগনো মমায় অরাং লাইনা পাংবরমদা কৌবা লোক লুথুমবু নাতৈননা য়েনহঙ ফাহঙ পোকপা চীং, পুংফাই তোনয়াম পানবা চীংবু ঙমলোন্নবা নযু হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুনশিবা হুংবান শাকং চীং,

---

খোংদো' —লুহোংবা। ঙাইরে রায়ননা—লোয়ননা। মন্নিম নোংয়ায় পুংদা—থুমন মরৈপাক্তা। রাইথু'লুরে—থু লুরে। ইরেং—ইপু। থমলাং—পা, ইপা। তাউথঙবিরবদা-শেম্বিরবদা। ই।—ইবুধৌ। থাকলেন হাইজৌ পুনা—চোঙ শেকপিন পুতুনা। চেংলৌ ঐগী মপুং ফানা—ঐগী মহুম ফানা, মফম অমা খঙনা। লাইরেন ইপা মৈদিঙুবু—ইপাত্নুং মৈতৈ লৈমাবা উরাকোংম্বীবরু। চেংলৌ শকউদা—মশক উদনা। পল্লেম—ইমা। মৈতৈরেমা—মৈ তগী মহারাণী। থাবরোন—থ বা য়েক ওইবা য়ুমনাক্কী চন্ন। পুম্নং—মরেপ। ইশানৌ—ঐগী নুপী। চেংলৌ শকউদনা য়াংগোইরববু—মশক উদনা লৈরবব,। পাওমেল্লকএ—হায়রকএ। ইনোংয়ায়—ইশু। নরান—নাম। পোইরৈ—মৈতৈদা। থুনকাথিও—কাথেংলো, চংথরো। পোইরে নরমশাংবু ইন্দানথিগনো—মৈতৈ য়োনবা লম্বী মতুংইমা চংথিগনু। লাইনা পাংবরমদা—অৱাং থংবা মায়ংগদা। য়েনবং-পাম্বী জাং অমা। পুংফাই—নাপী জাং অমা।

লুৱাং লাংহৈ চীং, মোংবা য়িমজাউ মান য়াওলা হৈতুপ পোক্ক, শঙদিং লোনফো চীং, মুংবান মকুবী চীংদা যাওনবমু লৈবনে। নমু মুংবান ময়িমনাক লুৱাং মশাইকোনদু ইন্দানখিও য়ি। খৌনীরকএ অঙ্গীবু লাইরেন ননোংয়ায় এৈনা ইমু খোজান হৈবা নওগী মুংবান নয়িমনাক লুৱাং নশাইকোনবু ইন্দাল্লকপনে পাউথুমলহদা মুংবান হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুনশিবনা তৌইগীদি ইনোংয়ায় লাউহানবন হোঙনেময়োয় খুঞ্জাউ লংমাই তেংনা য়িমকাবা-ও! নওনা নয়ু মুংবান অয়িমনাকপু ইন্দাল্লকপদি পোইরৈ ৱারমলেন অকবা, থাযনা মালেম লৈহৌউ মেনহো খোইরা অহানবা নমু পোং চারি লমথারকপা পোংথাঙ চারি তংতবা, চীংঙু ওঁচা টীংমানবা মমোম কোরৌ অবাং-বীগা মতু হৈনা কোলোই শেমনা শামদেন মশা ককনা রা পাংমু কোনলি-ও পাওমেন লৈ ঔগ্রা কানলোৱাক হংগেন কোনলো-পাউতাকশৈ খেনচো লাংমৈ লীহৌৱাক পোইরৈ ৱারমলেন অরুবা,

---

ওমলোম্নবা—নাতৈননা। নয়ু-নবুধো। হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুনশিবা—মুংবান পোনবী লুৱাওবনা কোববোন নামোইনু পাল্লতু। পোকপা মচানি। ৱাওনবা—ৱায়েন খোদাবা। নমু—নবুখো। নুংবান—লুৱাং। ময়িমনাক—মথুম। মশাইকোন—মরম, মাগী লমদম। ইন্দানখিও—য়োননবা চংখো। খৌনীরকএ—খোদারকএ। লাইরেন ননোংয়ায় এৈনা—নশু নিপা মৈতৈ নি খোমচা এৈনা। ইমু—ইবুখো। ইন্দাল্লকপনে—য়োননবা লাকপনে। ইনো য়ায়—ইশু। হোঙনেময়োয় খুঞ্জাউ—নাউথিংখো। মুংবান অয়িম-নাকপু ইন্দাল্লকপদি লুৱাং এৈগী য়ুমদা লাকপদি। পোইরৈ ৱারমলেন অরুবা—মৈতৈগী য়ামনা লুৱা ৱারম। মালেম লৈহৌউ—লৈপাক শেমউ। খোইরা—অহানবা। নমু পোং—তা বং মী। পোংথাঙ চারি ত তবা মীগী থারা মথং মথং পোকথনরকপা। চীংঙু—লাং। মমোম—মচাং। কে ৱো

লাইক্সা তরঙ ঈপাকথক্তা মালেম লীরি লীহৌরাক তানথোঙ লেম-থেঙ থাঙবরম, উকাক লাথা হৌমরা, পোইরৈ য়ারম্নলেম পুম্নমকপু পাউতাকপীগে নয়ু ইপাউনাক ফুংবান য়েয়না ইরনকুবু উনবী খোরথৈ তানা থম্মৌ-ও, নয়ু ফুংবাম অয়িমনাক নয়ুবা চীংখোচ পোইরৈতোন্না মালেম খুনথোকলকৈঙদা লোইবী শাচুং নিংথৌ শং-চারেম্বনা পাউতাকখোনগী অবাং কৌবা লোক লথুম অসিদা ইন্দান-লকৈঙদা কোরৌ খুমিৎ মপুম পানা ফায়েং নোংফাইরম্মে অহু নোংগীবু পামং লম ওম্থোকওখোল্লে। ফুংবান অয়িমনাক পামং লম ওম্থোক অসিদা কোল্লোয় তৈনা শা শঙলেন তৈনা শম্বিগে। নয়ু ফুংবান ইশাইকোন অসিদা য়াংগোইমন্নরসে হায়মা ময়িম ফুংবান পুমনা হুপ মরাং পাকনা তাইনা মৈদি ঙগী য়ুমলেন মথুৎফাবু তাউথঙাবিরবদা লাইরেন মৈদিংঙদি ফুংবান ময়িমনাক্তা তালোয় নখন নাই লুমলেন

অথাবা —নোংথাঙ লৈমা। মতু—মথুং মোপ্পা। শামদোন—শগোল। ঙগী—লৈরোই নো লোই ঈশৈ। থেঞ্জা—ঈশৈ অমা। লীহৌরাক —মী হৌরকপা ঈশ। লাইক্সা তরঙ ঈপাকক্তা —ঈশিং ঈপাক মথক্তা। পোইরৈ ঙারমলেন পুমনকপু—মৈ তগী মা অথবা থিবিকপু। পাউতাক পীগে—তম্বিগে, তাকপিগে। নয়ু—নবুধৌ। ইপাউতাক—ঐগী পাউতাক। ফুংবান—লুবাং। ইরনকুবু—ইথৌজানবু। উনবী খোরথৈ তানা—পুকনীং চঙনা। ফুংবান অয়িমনাক—লুরাং ঐগী য়ুম। নয়ুবা চীংখেঙ পোইরৈতোন—থমনুং খোঙচা-রেনগী মনাউনিপা। মালেম খুনথোকলকৈঙদা—মলেম খুনফাওরকৈঙদা। ফায়েং নোংফাইরম্মে ফ ইতুনা লৈরম্মে। কোল্লোর-য়ুম, শঙ্গাই। শঙলেন-য়ুমজাউ। নয়ু ফুংবান ইশাইকোন অসিদা—নপু ঐগী লুরাংগী ইরম অসিদা। য়াংগোইমন্নরসে—লৈমিন্নরসি। ময়িম নুবান পুমনা হুপ—মাথৌয় লুরাং ময়াম হৌদুনা। য়ুমলেন মথুৎফাবু তাউথংবিরবদা—য়ুমজাউ

মখোং য়াম, তয়ম মাইয়াম লোই কাওয়েন শনকোন তৈ, মহুয়-মম্নেন য়াম, তরা কৈজাং সাং, কৈমা রা'তৈ থেন হামুককৈকারেমনা য়াংগোইরবদা ময় মুংবান হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুনশিবনা পোইরৈ রারমলেন, খুঙং লাইরোই অরুংবু শমু খুংশিম্নরে, অদুসুঙ মদোমদে। নয় চীংখোঙ পোইরৈতাম্না। মালেম খুনখোকলকঙৈদা মপারি তাপুং শীংমিংনবনা লমলেন থাবালৌ হামদোং লমদোং অহামশোয়দা থমলৈ ওন্দে হনরাইরবা, লৈনুং থোঙজারেন অহনবনা শমু খুংশিন্ননা পাউ-তাকলকপা রবু মুংবান হোংনেম লুরাং নিংথৌ পুনশিবনা লাইরেন মৈদিংঙুদা অনৌবা পাউতাক পীহৌখিএ। লাইরেন মৈদিংঙুনা ময় মুংবান পাউতাক রাবু শমু খুংতা থুম উনবী পুকতা চন্না য়াংগোই-রবদা হয়েং লোইদাম মনুং ওই কুমবা ময়াই কারবদা পামং মরানয়ায় মরান পামেন উ হোঙ্গে হায়বগী লমলেন লোনলোয় লৌঙীংথাং, চীংথাং থোংলাংমৈদগী পামেন হাওউমোং তন্না উ কারেংববু শীংজও

---

শাবিরবদা। তালোয়—মতু। লমলেন—মতু। তয়ম—মনাই। কাওয়েন—শল। তরা—চেঙ। য়াংগোইরবদা—লৈরবদা। পোইরৈ রারমলেন—মৈতগী অথবা রা। খুঙং-অরিবা। শমু খুংশিম্নবিরে—খুংশিন্নবিরে, থঙননবা তাক-পিরে। অদুসুঙ মদোমদে-মাতুনসু লোইবা নত্তে। নয়—নবুধৌ। চীংখোঙ পোইরৈতোন—লৈনুং থোঙারেনগী মনাওনিপা খোংফাং অতোনবা। মালেম খুনথোকলকঙৈদা—মালেম খুনফাওয়কঙৈদা। মপারি—মচানিপা। তাপুং-শীংমি নবা—শীংতাপুং। থমলৈ ওন্দে হনরাইরবা—শি বদগী হল্লকপগী রা। লৈনুং থোঙারেন অহনবা—থমহুং লৈমাবা। মুংবান—লুরাং। ময় মুংবান পাউতাক রাবু—মবুথৌ হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুনসিবনা তাকপা রাবু। উনবী পুকতা চন্না—মবুক্তা হান্না। লোইদাম—থা। পামং মরানয়াম্নদা—পামংগী মমুদা। লমলেন-লমদম। লোনলোয়-লাইরেন শক্তিগী ইরে বম

